# খুদোংথিবদগী কলহৌনবা উপায়

লেংজবা :—

শ্রীয়ুমাম রাইমা সিংহ

ইক্সটেনসন অফিসার

কোঙ্খেংবম লৈকাই, ইম্ফাল।

# খুদোংথিবদগী কলহৌনবা উপায়

লেংজবা :—

শ্রীয়ুম্নাম য়াইমা সিংহ
ইক্সটেনসন অফিসার
কোঙ্খেংবম লৈকাই, ইম্ফাল।

[illegible]রিক অসি লাইরিক য়োনবা ছুকানশিংদা কংবিগনি

[illegible]  মমল price Rs. 10/

# হিন্নম লামাই

হিন্নম — লামাই

# ৱাহৌদোক

লাইরিক অসিদা হকচাং লাইয়েংনবগী হিরম কয়ামক্তমগী মরমদা ইতরি, কাষ্ট এণ্ড কমদৌনা পিগদগে অমসুং খুদক্তা কননবা লাইয়েংহৌগদগে হায়বা অছু নিংথিজনা কোংদোকচরি, গভর্ণমেণ্টনা কোংদোক্লবা মতেং পিবিছুনা মীওইবগী কাননবা হায়ছুনা কোংদোকচরে, ঐনা কোংদোক্লবগী মতেং ফংবগীদমক্তা য়াম্না। য়াম্না ধন্যবাদ তৌজরি, লাইরিক অসি কাষ্ট এণ্ডগী টেক্স বুক ওইনা লৌবিয়বদি থোইদোক্না হোৎনজবগী মহৈ য়াম্নে হায়না আশা তৌজগনি।

অসিনা মীওইবদা থরদং কায়বা ফংলবদি হোৎনজবগী মহৈ য়াম্নে হায়না নিংজগনি, লাইরিক অসি নৈবিছুনা খুদোংচাবা ফংলবদি থোইদোক্না নুংঙাইজগনি।

গভর্ণমেণ্ট, প্রেস অমসুং নৈবিয়বা খুদিংমকপু য়াম্না য়াম্না তৌবিমল: থংবা উচ্চরি।

অইবা—

# ৱাহৌদোক

লাইরিক অসিদা হকচাং লাইয়েংনবগী হিরম কয়ামকমগী মমমদা ইজরি, কাষ্ট এন্ড কমদৌনা পিগদগে অমস্তুং ফুনবা কননবা লাইয়েংহোগদগে হায়বা অছু নিংথিজনা কোংদোকচরি, গভর্ণমেণ্টনা কোংদোরবা মতোং পিবিছনা মীওইবগী কাননবা হায়হনা কোংদোকচরে, ঐনা কোংদোরবগী মতোং ফংবগীদমক্তা হয়। হয়া ধন্যবাদ তৌজরি, লাইরিক অসি কাষ্ট এন্ডগী টেক্স বুক ওইনা লৌখিরবদি শ্রোইদোয়া হোৎনজবগী মহৈ য়াদে হায়না আশা তৌজগনি।

অসিনা মীওইবদা থরদং কায়বা ফংলবদি হোৎনজবগী মহৈ য়াদে হায়না নিংজগনি, লাইরিক অসি লৈবিছনা থুদোংচাবা ফংলবদি থোইদোয়া ফুংজাইজগনি।

গভর্ণমেণ্ট, প্রেস অমস্তুং লৈবিরিবা থুদিংমকপু হয়া হয়া তৌবিমল থংবা উজরি।

অইবা—

# খুদোংথিবদগী কলহৌনবা উপায়।

—:(*):—

## STRUCTURE OF THE BODY.

মীওইবগী হকচাং অসি মথল অহুম থোক্না শাইদোকই মহুদি কোক (The Head) হকচাংগী মরুওইবা শরুক (The Trunk) অমসুং খোং খুৎ (The limbs) অসিনচিংবনি।

The Head :— কোকী শরুক্তা মাই অমসুং শরুগী উপু (The bony box) অসিবু ক্রেনিউম (Crenium) কৌই। মসিনা থোপ (Brain) বু কুপশিল্লি।

The Trunk (অঙ্ক), the heart (থম্মোয়) অমসুং the lungs (থবোম্বী) the stomach (চাকখাও) the liver,(কিয়াক) the spleen (পৈ) the kidney (ঈশিং য়াকম) অসিনচিংবা।

The Limbs :— লিম্বস অসি মথল অনি থোক্না লৈ মহুদি পাখোম অমসুং খোংনি।

হকচাং অসি ওরগান কয়ামকয়া শেমগৎলি, খুদিংমক করিগুম্বা থবক অথমম পাংথোকই। মখোই অহূ অমুক্না লেংশিল্লি :—

1. The bony system :— শরুনা মথং মনাও নাইনা থবক চাল্লাইবা ষ্থাননবা অংশিন্দুনা লৈবা ফিবম মুর্ত্তি চুম্না লৈবগী মওং অহুবুনি।

2. The Muscular system :—হকচাংগী তোং মসলগী ফিবম মুর্ত্তি ফজনা লৈবা মওং অহুবুনি।

3. The digestive system :— চাবা তুম্নবগী ওরগান অমস্তুং ইঞ্জিন অহুবুনি।

4. The circulatory system :— হকচাং মনুংদা ঈনা কোষ্টচেল চেনহুনা অমুক চেনথংপা অমুক চেন্থবা অশিনচিংবনি।

5. The respiratory system :— সুংশাস্বর হোল্লবগী থবক অমুক ফন্দোকপা অমুক চপশিনবা অহুবুনি।

6. The nerves system :— শিংলিগী মওং পুম্নমক অহুবুনি।

The Bony system :— শরুগী শরুক অসি শরু কয়া-মরুম্না শেমই। চাওরাক্লা শরুক চনিরোম শুই, মসিবু শরু পোলাং কৌই অমস্তুং হকচাংগী মওং মতৌ ওাকই। শরুশিং অসি অমগা অমগা তোঙান তোঙান শমজিন্নৈ, শমজিনফমদা অকনবা অঙোবা বেনদ লিগামেণ্ট কৌবা অহুনা হকচাংগী শরুক্তা মফম অহুম্দা ইলাষ্টিক অমস্তুং শৌগৎলকইবা পোৎ Cartilage শরু ওই, হকচাংগী মরু ওইবা নাতোনগী শরুক্তি, শরু পোলাং অসি হকচাংগী শরুক পুম্নমক য়াওই।

## ( The Skull )

কোক্কী শরু অসি অকনবা শরুগী উপু অমনি মসিদা ব্রেন ময়ুং অতোপ্পা মরু ওইবা অপিকপা কয়ামরুম য়াওই। কোক্কী শরুদি অয়াম্বা চিংথোকচিংশিন য়াই, চপৌ চপৌ লাওই খজিক্তুং শোকপদা হেক্তা তেক কাইবা থোকই।

## ( ঈ থোকপা— Bleeding )

লৈদা অমম্তুং য়ারিদা ঈ থোক্লবদি অনাবা মী অন্থুগী মচিন্দা উন ( ice ) নত্রগা অইংবা ঈশিংনা থোমউ, অশোকপা মকম অথুদা উন, নত্রগা অইংবা ঈশিং থোম্লগা ফৈ।

মসিনা কাম্লত্রবদি ঐথোইনা খাংবা ওম্বমুক শাবা ঈশিংনা থোম্বস্থ ফৈ।

## ( নতোন্দা নাহি তাবা )

অনাবা অথু মকোক চুন্না ফমহল্লু ফিম্বেপ চুন্না লৈহল্লু। ওকশমদা ফি মচেৎনা স্নেৎশিনবা অথু কোমহল্লু। অনাবগী মখুৎ অথু মকোক মথকরোমদা থাংগৎলু অমম্তুং পুল্লপ থমউ। উন থোমউ, নত্রগা ঈশিং অইংবনা খুদৈদা চোৎহল্লগা নাতোন মখুনদা থিংজিনথুনা থোম্বা ফৈ; ওকশমদা থোম্বা ফৈ, লেংবান অমম্তুং ওকশমগী মরক্তা থোম্বা ফৈ।

ঈ থোকপা অথু লেপত্রবদি, উনগী ঈশিংনা নাতোন মখুন অথুদা থোমউ নাতোনগী মখাদা থোমউ, নাতোন অথু ঈ থোকপা

লেপ্লবদি মতুংদা মুংশাঙ্খর কন্না হোনজিল্লোইদবনি। (কোরেন বোডি) খৌনাওদা চিঙ্গাক থুনা য়োংশিনবদা পনবা, পৈশা, কৌম-চিংবা, মুংশাঙ্খর হোনবদা থিংবা পুন্নমক অসি খোকপদা মিং মাই ওাংই, থুনা নানখোক্লবা হোংলৌ। মতম অসিদা নংগী খুৎনা খৌনাওদা নাহৌ অছুগা অপনবা চিঙ্গাক অছু ওখোকপা নত্রগা য়োংশিনবা তৌহনগদবনি।

মছুগী অরোইবদা নংগী মখুৎ অছুনা নাহৌ অমসুং য়োংখৌ। নংনা মাসি তৌবা ওমত্রবদি চিঙ্গাক নত্রগা অপনবা অছ নাহৌ মুংশিং উতোং অছু হোহললু। মতম অসিদা অনাবা অছু মুংশাঙ্খর হোনবা লেপই। অছু ওইরবদি আরটীফিসিয়েল রেসপিরেসন তৌ। চিঙ্গাক অছু খুৎনা কন্না ইন্থখো।

## (কোরেন বোডি)

নাকোংদা তিন কাং লৌখোক্লবা হোংমগনু, মকম অছুদা অথুবা দরকার ওইত্রবদি নংনা খুৎলাইনা মছু থুনা লৌখোকপা তারবদি নাকোংগী ড্রম অছু শোকপা য়াই, মরম অছুনা তিন অছু নাকোংদা চংপ্রবদি নাকোংদা যুবীথাও নত্রগা অতোপ্পা থাও নত্রগা অশেংবা গিসলিন ড্রোপ অনি হৈজিনবা তাই, মছুনা তিন অছু শিছুনা তাউথংলকনবা, মাছুদগী তপ্পা লৌখোকদবনি।

মিত্তা থুনামবা চংপ্রবদি নোইয়োইদবনি নোইরবদি থুনামবা অছু মাংথি। অখোংপা ফি মচি অমনা নত্রগা রুমাল্লা লৌখোকউ নত্রবদি মিত্তা কাষ্টর ওইল ড্রোপ অমা থাদৌ।

কুমায়া চেৎনা মিৎপান অদুগা পায়না পুজিল্লু মরমদি মিৎকী শরুক অদু লেংবা থিংনবা, মপানগী পোৎ অদু মহি লাংবা ওইরদি মিৎ অদু ঈশিংনা চামথোকউ। মাদু লাইমৈ তাঙ্গোই ( থুনাম্বা ) ওইরবদি মিৎ অদু শঙ্গোম নত্রগা ঈশিংনা চামথোকউ। ফোরেন বোডি অদুনা মিৎকী মথক্তা নত্রগা মথাদা থমউ।

মিৎপান অদু থাংগৎলু, মথাগী মিৎপান অদু ইনথোকউ, মাদু তৌ, শন্না মথাগী মিৎপান অদু তকথোকনি মনুংগী শরুক উই ১মুং হকচাং অদু শেংদোকউ মাসি শোয়রবদি মথকী মিৎপান অদু ওনথোকউ ফোরেন বোডি অদু উগনি থুনা লৌথোকনি।

নাতোন মথুন্দা মহৌশানা কুদাম, হরাইমঙ্গল, অতোপ্পা পোৎ অসিনচিংবা অসি চংহনা লৈরবদি মাদু ফোরেন বোডি কৌই।

লাইয়েংবা— অনাবা মী অদুদা য়ান্না পাঙ্গল কম্না মুংশাম্বর হোন্দোকউ হায়উ, অহানবদা নাতোন মথুন অদু খুৎনা মেনশিল্লু অমসুং য়ারবদি হাকথি খনদোক্লবা তৌবা কৈ ( a pinch of snuff ) অসিনা হাথি খন্দোকই। মসিদা ওমদ্রবদি হোসপিতালদা থাথো।

## Bruises, strain and rupture of the muscles or tendons.

**Bruises** :— উনশা মনুংদা কেপিলারি অদু শেগাইবা খুগাইরদগী থোরকপনি, অশেংবা ঈগী ভেসেল ( vessels ) দগী ঈ থোকপদি তৌদে হকচাংগী শরুক থরদা নাম্বোকপা থোকই।

লাইয়েংবা :—পোথাবা, অয়িংবা ঈশিং নত্রগা উনগী ঈশিং কি অমোনবদা লুপ্নগা থানা থোম্বা কৈ।

Strains. :— মসল নত্রগা tendons অদু লৈথোকপা, মাদুনা লেং-খোংপদা তথোং তথোংপা, নাবা, হুনত্রাক হুনত্রাক লাওবা অসিনচিংবা অসি মরু ওইবা খুদমনি। পোথাবা অমস্তুং বেণ্ডেজ য়েংপা অসিনা অফবা লাইয়েংনি।

## Rupture of muscles or tendons :—

অশোকপা মফম অদু নমথবা পাঙ্গল মাংবা, খংনবগী শক্তি মাংবা, পোমখৎপা, নাবা, মাংবা য়ৈথৎপা, অমস্তুং মমৈথংদা ওথোকপা।

লাইয়েং— অনাবা অদু হিপ্তুনা লৈহনবা, উন নত্রগা ঈশিং অশাবদা তিংবা, কোক থাঙ্গৎপা অমস্তুং হকচাং থাঙ্গৎপা থোং অমস্তুং কৈগন কোম্বা তৌগদবনি।

## (Burns and Scalds,)

মৈনা পোকপা অসি য়োৎ অশাবা, মৈতাল মৈরি অমস্তুং মৈনা পোকপবু কৌই। Scalds হায়বা অসি মৈশা, অশাবা ঈশিং, অশাবা থাওনচিংবনা পোকপনি।

খুদোংথিবা হায়বদি য়াম্না থিনা মৈনা পোকপা অদুনি, মসিদা জার্ম পকই, মৈনা পোকপা জাগাদা অমস্তুং ঈ অদুদা হু য়াওই অদুনা অরাবা ওই; অমস্তুং শিবস্তু য়াই। অহানবদা মদু জার্ম চংদনবা

হোৎনগদবনি। অহানবদা তৌগদবা থবক্তি হুংশিং চংহল্লোই দবনি, মৈনা পোকপা অহু কুপশিল্লু, মৈনা পোকপা মফমদগী ফত্ত-হৌদি পুন্নমক ফি লোথোকত্রিঙেগী মমাংদা লোথোকদবনি।

মৈনা রাইরবদি চেনবা ফত্তে, লৈবাক্তা থম্নো থম্নো ওনগ-দবনি; লৈঙোইনা কুপশিনগনি, মৈ অহু মুৎনবা কম্পোর ঈশিং লুপ্পগা নত্রগা বোরা ঈশিং লুপ্পগা য়োমশিনগনি।

## মহু পানবা খোইনা মমুনা থিনবা।

মমুনা থিনবা থুদিংদা টিনচর আইওডিন তৈবা খুদক্তা কৈ, হেক চিকপদা তৈগদবনি; পোটাস পারমেগনেটনা তকথোক চামথোকদবনি।

তিন্না নত্রগা খোইনা চিকপদা য়াম্না নাবা থোকই, মাহুনা অঙাংশিংবু য়াম্না অনাবা পি। মমুনা থিনবা অসি অহানবদা অথৌবা য়েৎতুন্না থিনবগুমই, য়েৎতুম কয়ামরুমনা থিনবগুন্না তৌরকই।

লাইয়েংবা :—রুমালনা চেৎনা, চিকপা মফম অহুগী মথক্তা থর কাথৎনা পুল্লু। অহুদগী অশোকপা অহু চুপথোকউ এমেনি-য়ানা তকথোকউ নত্রগা কেদিসফ্রস নত্রগা অতেকপা তিহ্লো মহি তৈয়ু, নত্রগা হিদাক মহি তৈয়ু।

টিনচার আইওডিন তৈয়ু অমসুং পোটাস পারমেগনেটনা চামথোকউ। ইহান হানবদা মমু অহু শত্তোকউ অহুগা টিনচার

আইওডিন তৈল, পোটাসনা হু মন্নাই চমহল্লু; মপানদগী জার্ম চংবা পুন্নমক শাকথোকউ।

## হুই অঙাওবনা চিকপা

### অমসুং রেবিস শাশিংনা চিকপা:—

হুই অঙাওবনা চিকপা অসি য়াম্না খুদোং থি, অহক্ক ফি ফাওহনা ময়ানা চিকপা ওইরবদি হুইগী ময়াগী সালিভা অহু কোকই।

হু য়াওবা সালিভা অহু হুইগী ময়াদগী ফিনা তকথোকথি। করিগুম্বদস্ু হুই অহু হাংলোইদবনি হুই অহু হুমিং তয়ানি ফাওবা থমগদবনি অঙাওবা হুই ওইরবাদ হুমিং তয়ানিগী মহুংদা শি। মহুদি অঙাওবা (rabid) নি।

অচিকপা মফম অহু লিন্না চিকপগুম্না তৌগদবনি। অচিকপা মফম অহু অশাবা পোটাস পারমেগনেট য়াওবা ঈশিংনা চামথোকনি মথক্তা খর কাথংনা ঈ চেনখৎথিবা থিংগনি। কত্তবা হু য়াওবা ঈ অহু লেনখাইহনা লৌথোকনি, পোটাসনা চামথোকনি।

টিনচার আইওডিন তৈহনা থাহনা বেণ্ডেজ তৌগদবনি। মুন্না য়েংগদবনি অশেংবা কারবোলিক নত্রগা নাইট্রিক এসিডনা থাগদবনি। অনাবা মী অহু হোসপিতালদা পুগনি, কোয়ামিল কাপপা কৈ। হুই অঙাওবগী লাইরেং মপুং ফানা তৌহৌগনি।

## Frost bite - উন্না চিকপা—

য়াম্না ইংবনা হকচাং অসিদা য়ৈবদা অনাবা ফাওই, মত্তুবু উন্না চিকপা কৌই, মত্তুদি নাতোল, চিন, নাকোং, খুৎশা, খুদোন, অসিনচিংবা অসিদনি।

খুদম— মখোই অত্তু অহানবদা কন্না নানথোক্কনি অমসুং মতুংদা শারক্কনি, শোকপদা ইংগনি অমসুং অশান মাংগনি। ( feeling ) ফিলিং পুম্নমক লোইনা মাংগনি।

## লাইয়েংবা ( লাইয়েংবগী নিয়ম )

ঈগী ঈচেন হনজিনহনবা, মফম অত্তু শাহনবা, উন অত্তু ভকথোক্কদবনি। থুনা মৈশা পিগদবনি, অনাবা অত্তুনা থকপা ওয়ালবদি চা নত্রগা কোফি পিথক্কদবনি।

## অশোকপদা অহানবা তৌগদবা থবক :—

(১) ঈ থকগ্রবদি অশোকপা মফম অত্তু clean ( ক্লিন ) নত্রগা উমগী ঈশিংনা চামথোকউ। তৌইগুম্বসুং abdomen গী অশোকপা থবাক্তী অমসুং compound fractures of the skull দি চামথোকলোইদবনি। ফি অমোনবনা নপথোক্কদবনি, ক্লিননা নপথোকনি লশিংনা নত্রগা শামত্তুনা নপথোকনি।

অশোকপত্তু য়ারিবা মথৈ নকশিন্না মচিন অনি অত্তু নপশিল্লু, অত্তুগা অকনবা 'লিকেনগী ব্রিম্না পেড তোশিল্লু, অশোকপা মহুদী

মথক্তা বেণ্ডেজ য়েংশিল্ল। অশোকপা অত্থু খুত্তা নত্রগা পাম্বোমদা ওইরবদি fore arm দা থমউ।

(২) ঈ থোক্লবদি (অশোকপা) খুং অত্থু থাজংলু থম্মোয়গী মথক কাওবা, অনানা মী অত্থু হিপহন্দুনা থমউ, অমসুং অনাবা অত্থু খুবীনা নমশিন্দুনা থমউ। লিনেনগী ক্লিপ্পা নপশিল্ল অশোকপা অত্থু লিনেন মচেৎনা অশোকপা অত্থু কন্না বেণ্ডেজ তৌশিল্লু।

(৪) ঈ থোকপা অহ্ অরটারিরিয়েলদা লেপহল্লু, অরটারির অত্থু কন্না চপশিল্লু।

## Sting and bites of insects and animal

### তিন অমসুং শানা চিকপা অমসুং মমূনা থিনবাঃ—

তিন্না চিকপা, হয়িংথোইনা চিকপা অহানবদা মমূ অহ্ শংতোকনি য়ান্নিবা মথে থুনা তৌহৌগনি, য়ান্না চিকপা, নাবা লৈবদা সুংঙাইতবা অমসুং খুদোং চাদবা, করিগুম্বদা অরাবা তাই। খুদম— মফম অত্থু পোমথৎপা অমসুং নাবা, য়াম্না হেক্তিনবদা রাম্বা, ওথোকপা, মথোং চিবেৎ চিবেৎ হাম্বা অমসুং জ্ঞান তাদবা অসিনচিংবা থোকই। করিগুম্বদা ওথোকপা অমসুং মাই মিং, খোং-খুৎ অসিনচিংবদা পোমথৎপা থোকই।

মফম অত্থু খরদং লেনথৎপা অত্থগা এমোনিয়া বিকারবোনেট মোজ নত্রগা ( spirit of wine ) স্পিরিট ওফ ৱাইন নত্রগা ভিনহৌ মহি অশেংবা থোম্বা নত্রগা পোটাসনা তকথোকপা কৈ।

হিন্নম খুদিংমক্তা তিন কাংনা, মহু পানবা খোইনা অতোপ্পা জীবনা শানা চিকপা শোকপা পনবদা হোগাই থিনগাইবদা টিনচর আইওডিন তৈথিল্লগা পোটাসনা জার্ম চংদনবা চামথোকপা ফৈ। মহু পানবনা চিল্লবদি মহু অহু লোথোকপা তাই হু য়াওবা ঈ অহু থোকহনবা তাই নত্রগা হু চম্লনবা পোট'সনা নত্রগা অতোপ্পা পাম্বৈনা থুনা তৌহৌবা তাই, অহুগা টিনচার আইওডিন খুদক্তা থাহৌগনি। পোটাসনা খুদক্তা নমশিনহুনা হু অহু ময়াই চমহনবা থোইদোক্না ফৈ। অতোপ্পা মপান্দগী জার্মহুসু হকচাং মনুংদা চংবা ঙমদে। টিনচার আইয়োডিন খুদক্তা থাহৌরবদি খাইদগী হেন্না ফৈ থুনা অশোকপা অহু ফৈ।

## ( লিন্না চিকপা ) snake bite

করিগুম্বদা মহু পানবা লিন্না চিক্লুনা মহাক্কী মহু অহু চিকইবা মী অহুগী ঈদা চংগ্রবদি নত্রগা মহু পানবা শানা চিক্লুনা ঈদা হু চংগ্রবদি হু অহু চম্লবা পোটাস পারমেগনেটনা নমশিন্দুনা হু অহু চমনবা তৌহৌগনি. হু চম্লবা পাম্বৈ অমনা থুনা তৌহৌবা ফৈ হু অহু থুনা থম্মোয়দা নত্রগা হকচাং শিনবা থুংনা চংদনবা ঈ চেনথত্তনবা অরটাররিদা নমশিনবা নত্রগা পুন্সিনবা কন্না থুনা তৌহুনা হু য়াওবা ঈ অহু লেনথত্তুনা নত্রগা হোগাইহুমা লোথোকপা তাই। নত্রগা হু অহু চমহনবা তাই হু অহু লোথোক্লগা নমশিন্নবা অমসুং ঈ চেনথত্তনবা পুনশিনবা পুম্নমক থুনা লোথোকপা তাই। মপানগী জার্ম হকচাং মনুংদা চংদনবা পোটাসনা চামথোকপা নত্রগা

অত্তোম্মা হিদাক থাহৌবা তাই, টিনচার অইয়োডিন খুদক্তা থাঁছুনা অনাবা মকম অদু খুদক্তা কল্লবা ভোহৌবা তাই।

হু য়াওবা ঈ অদু হকচাং পুম্নমক্তা শিনবা থু ব্রবদি অমসুং থম্মোইদা য়ৌব্রবদি মী অদু শিবা থোকই, থোগ্গা চংব্রবসু থোই-দোক্না কত্তে।

মহু পানবা লিম্না চিক্লবদি ইঞ্চি অমা লুনা য়াথুল অনি লৈরবা ঈ থোক্লবদি মহু লিম্না চিকপগী য়াথুল্লি হায়না খংনগনি। ঐথোইনা হু অদু হকচাং পুম্নমক্তা শিনবা থুংনা শন্দোকখিদনব: অরটাররিদা নমশিনগনি নত্রগা শোকপা মকম অদু মথক খর কাখংনা কন্না মতম খরদং পুন্দুনা হু য়াওবা ঈ লোথোকনি নত্রগা হু চমহনগনি।

ঈগী ঈচেল্লা হকচাং পুম্নমক্তা অমদি থম্মোয়দা থোগ্গা য়োদনবা চ্যেকশিন্না থিংবা অমসুং হু অদু ময়াই চন্নবা তৌগনি মতুংদি হু য়াওবা ঈ অদু লেনথত্তুনা লোথোকনি, পোটাসনা হু অদু ময়াই চমহনগনি মপানগী জার্মসু চংলোই, ঈ অদু চেনখংখি-দনবা কন্না চিকফম অদুগী মথাদ ঈগী ইচেন অদু থিংগদবনি মতুংদি কন্না পুনশিন্দুনা নত্রগা ঈ ঈচেন অদুদা পেড তৌগনি।

## ঈ পুবা ভেন্না

ঈ পুবা ভেন্না ঈ (হু য়াওবা) অদু পুহনা থম্মোয়দা চেনখংতনবা থিংগনি ভেন অদু পেড তৌনি ঈগী ঈচেন অদু মতঙ থুইদনা থিংদুনা চিকফম অদুদগী হু য়াওবা ঈ অদু লোথোক্নি

লেনথত্তুনা পোটাস পারমেঙ্গনেটনা নপশিন্দুনা ঈ. অহু শেংদোকনি পোটাসনা শেংনা চামথোকনি।

করিগুম্বদা খুবীদা চিকপ্রবদি খুবী অতুগী অকোইবদা কয়া পুজিন্দুনা রুমায়া নত্রগা থৌরিনা নত্রগা লুকুয়া পুনগদবনি চিকক্ম অহু লেনথত্তুনা হু য়াওবা ঈ অহুদগী হু লৌথোকনি অতুগা পোটাসনা নমশিন্দুনা শেংনা চামথোকনি অতুগা লুয়া থমগনি টিনচার আই-য়োডিন থাহুনা বেণ্ডেজ তৌশিন্নু । ফিমা চৈ অমদ পুন্দুনা কয়া লৈশিন্নু কুইদনা মফম অহু লেনথত্তুনা নত্রগা হনগাইহুনা চামথোকপা হু য়াওবা ঈ অহু লৌথোকপা লোইরগা থাদোকউ. কুইনা পুন্নবদি থোইনা ফত্তে। মুন্না তৌগদবনি, ঈ পুবা ভেন অহু থিংহুনা হু অহু থম্মোয়দা হুকচাং পুন্নমক্তা য়োহনরোইদবনি মরু ওইনা থোপ্তা য়োদনবা হোংনগনি। থাং মচা অথৌবনা নত্রগা য়েংতুয়া করিগুম্বা য়াগদবা অমনা হু য়াওবা ঈ অহু মপান্দা লৌথোকনি অতুগা ঈশিং অশাবনা পোটাস হাপতুনা শেংনা চামথোকনি খুদক্তা টিনচার আইয়োডিন থাহুনা বেণ্ডেজ পুনসিনগনি। পোটাসনা মফম অহুদা নমশিন তৈশিনবা, চামথোকপা মফম অহু শাহনবা, টিনচার আইয়োডিন তৈশিন্দুনা বেণ্ডেজ তৈশিনবা হেক্তা খুদক্তা ফৈ।

মরমদি হু অহু মাংহন্নবনি, পোটাস অহু ফংত্রবদি অঙাংবা য়োংচৈ নত্রগা য়োংশিংঙোং মৈ ইকপনা নত্রগা মৈতাম ঙাংশং ঙাংবনা মফম অহুদা হায়বদি চিকফম অহুদা হোগাইবা, মফম অহুদা থিংজিন্দুনা হু ময়াই চমহনবা মাই নত্রগা কোটিক

মোৎচাংনবা নত্রগা নাইট্রিক নত্রগা কারবোলিক এসিডনা হু অহু মরাই চমহনগনি।

অনাবা মী অহু চা অশাবা নত্রগা কোফি অশাবা পিথ-ত্তুনা মশা শাহনগনি, মুংশা স্বর হোমবা আর্টিফিসিয়েল রেসপিরেসন পিগনি করিগুম্বা দরকার লৈরবদি।

হু অহু চেনথত্তুনা থম্মোইদা য়োহনলোইদবনি চিম্বা (য়ানা) চিকথোক্তুনা হু য়াওবা ঈ অহু লোথোকপা চিংথোকপসু কৈ থুনা ভোহৌগনি অহুগা চিন অহু ব্রাণ্ডি নত্রগা অতোপ্পা (spirit of wine) স্পিরিট ওফ ৱাইন না শেংদোকনি, খুদক্তা ভোহৌগমি থুনা ফগনি।

## নিয়ম থরা :—

১। য়াম্বা থুনা অনাবা অহু পাখত্তনবা থবক ভোগনি।
২। মপানগী পাম্বৈনা স্বর হোম্বা থবক পাইগনি।
৩। ত্তপথনা লৈনবা হোৎনবা
৪। ঈ য়াম্বা থোক্তনবা হোৎনবা
৫। ভেন অমসুং আরটারিদা ঈ থিংবা
৬। ঈ অকবা থোকহনদবা
৭। জ্ঞান ভানা লৈহনবা
৮। থেমজিনবা
৯। মী য়াম্বা ওমশিনদবা

১০। খুনা পাও খাবা

১১। য়ায়া খুনা ভাইনোজ তৌনবা হোৎনবা

১২। খুদোং চাগদবা মকমদা পুনবা হোৎনবা

১৩। অনাবা অহু হুংঙাইনা থমথিবা

১৪। অরটিফিসিয়েল রেসপিরেসন পিবা

১৫। খুনা ড্রেশিং তৌবা

১৬। খুদক্তা ফিবম য়েংহুনা মশা অহু কনথৎনবা চা নত্রগা কোফি অশাবা, পিথকপা।

১৭। থিনগাই খোগাইবা খোইনা ভিম্না চিকপদা শানা শোকপদা টিনচার আইওডিন তৈশিনবা পোটাসনা ঈশিং অশাবনা-জার্ম চংদনবা ভৌহৌবা কৈ।

১৮। য়ুম খুদিংদা পোটাস অমসুং টিনচার আইয়োডিন হিদাক লাংথক থম্বা দরকারনি।

## কিদা মৈনা রাইবা

কি মৈনা রাইরবদি ঐখোইনা অনাবা মী অহু চেন্দনবা হোৎনগদবনি, চেল্লবদি মৈরি অহুদা হুংশিং য়হুনা হেন্না হেন্না চাকপা হেনগৎলকই মরম অহুনা লৈবাক্তা থরো থরো ওন্দুনা মৈ অহু মুথৎনবা হোৎনগদবনি। কম্পোর নম্বগা কাম্বা ঈশিং অসিনচিংবনা কুপশিন্দুনা মৈ অহু মুথৎনবা হোৎনকম থোকই।

কি অহু হকচাংদগী শেগাইহুনা খুনা লোথোকপা ভাই। মৈনা খুৎকদবা লৈঙোই অমসুং ঈশিংনা মুথৎকনি। বোয়া ঈশিং

লুপ্লগা কুপ্তুনা মুথংকনি নত্রগা হুংশিং [illegible] কৈ অহৃ খুনা মরাইনা মুংকনি মৈনা লেক রাইবগা মুনা কীয়োম অহূ লেগাইদুনা লোৌথোক্লনি ঈশিংনা মুথংকনি। লৈবাক্তা ওমগনি। খোনা থাওনা ঈশিং লুপ্লগা য়োম্বা কৈ। কশোরবা ঈশিং লুপ্লগা য়োম্বা কৈ। অচাকপা মকম অহূ লৈমাইদা ওনশিন্দুনা মৈনা চাক্তনবা খোক-গনি। মৈনা রাইবা মকম অহূদা ঈশিং লুপ্পা ফিনা য়োমগনি। ফি খুমমক লোৌথোক্লনি। মশা অহূ ঈশিং অচোৎপা ফিনা য়োমদুনা অনাবা মী অহূবু কনবিগনি।

মথন্তা লৈরবদি মৈনা রাইরে হায়না কপ্পা লাওগনি। লৈপাক্তা ওন্দুনা মৈ মুংনবা হোৎনকম থোকই।

মিত্তা মৈনা পোল্লবদি ( Caster oil ) ড্রোপ খরা থাদো, খিং অমসুং মিংপানগী মরক্তা ভো।

লশিং নত্রগা শামত্তুগী ফিনা বোরিক নত্রগা পিক্রিক (acid ) এসিডনা বেণ্ডেজ ভোশিনগনি।

## শরুগী ফিবম :—

শরু পুলপা চনিয়োম ওই মতৃবু শরুপোলাং ( skeleton ) frame work of the hnman body কৌই। হকচাংগী ফিরেপ অহূ নিংথিজনা ফিবম চুম্না লৈনবা হোৎনবা ভাইই শরুশিং অহূ অমগা অমগা পুম্নমক শমজিন্নহনা লৈ মরম অহূবু শরু জাইনবা (joint ) কৌই লিগামেণ্ট হায়না কৌবা অহূনা চেৎনা জাইশিরে। [illegible]গী শরুক [illegible] ভিংথাক-ভিংশিন [illegible]বা ( elastic )

দরকার ওইবা পুন্নমক মতুনা পি। কারটিলেজ শরু ওই। নাত্তোনগী মরু ওইবা শরুক অমা ওইনা লৈ। শরু পোলাং অসিদা কোকী শরু ( the skull ) অসিনচিংবা পুন্নমক য়াওই।

## The Head Or The Skull.

**The skull—** কোকী শরু অসি শরুক নিপালথোক্না, মপুং ফানা তেক্ত কাইদনা থোপ অমসুং অতোপ্পা অপিকপা মরু ওইবা ওরগ'ন পুন্নমক অমত্তা ওইনা শমজিন্নহুনা থবক পুন্নমক পাংথোকই।

কোকী শরু পুন্নমক চবৌ চবৌবা অমসুং চিংথোক চিংশিন য়াবা ঙাক্তনি মরম অহুনা করিগুম্বা অমনা ফুবা তাবদা হেক্তা কাই, তেকই। পাঙ্গল হন্থরকই। কোকী শরুগী বেজ অহু মিংকা লেবেল ওইনা লৈ অমসুং নাকোং মথুন লৈ; স্পাইনেন মথক্তা লৈ।

মাই অসি শরু কয়ামরুম্না অমগা অমগা অমত্তা ওইনা শমজিন্নহুনা তাইশিন্নহুনা লৈ, য়াথাগী শরু অহু য়াওদনা, মহু লেংবা য়াবা ঙাক্তনি।

মাইগী শরু অহুনা মিং, নাতোন অমসুং চিন, ঙাক-শেন্নহুনা নিংথিজনা থবক চলাই।

**The Trunk ( back bone )** বেক বোন নম্বগা ভার-টেব্রেল কলম অসি অপিকপা শরু ২৪ মা লোংশিল্লি, খুদিংমক

ভারটেব্রা কৌই, অমসুং অচৌবা শরু অহুবু মথাগী অরোইবদা লৈবা সেক্রম কৌই। ভারটেব্রা মথক্তা থম্বা অহু অতোপ্পা অহুগীনি। হুকচাংগী ভারটেব্রা অহু ভারটেব্রা কলম কৌই।

হুকচাংগী ভারটেব্রা পুম্নমক পুলপ্পা লৈ, গ্রিষ্টেল কৌবা পোৎ লৌথোকই মহু গ্রিটেল কৌই, মহুবু বুফকর কৌই। shock দগী থিংই অমসুং spinal অহু কোম্বৈ।

মথক থংবা ভারটেব্রা তরেৎ মহুনা গুকশম শেমই মহুবু cervical vertebrae কৌই।

মথংগী ১২ অহুবুনা মতুংদা দোরসেন ভারটেব্রা (dorsal vatebrae) কৌই. মথোইনা রিব (rib) পুই। লেমহৌবা মঙা অহুবু লুমবার (lumber) কৌই।

The ribs :— রিব পিয়ায় ১২ নি, পুলপ্পা অথোইবা শরু অশাংবা কৌই, dorsal vertebrae নপ্ত,না লৈ অমসুং breast bone or sternum গী মমাংদা কেভিটি মানবা অহু থবাক কৌই।

## The Pelvis

পেলভিস হায়বা অসি ত্রঙ্কগী খাইদগী নেম্বা শরুক্তা লৈ অমসুং অচৌবা অথাবা, চাং নাইদবা মওংগী শরু অনিনি— হিপ বোলশিং অসিনা পুল্লপ্পা পুনশিল্লি মমাংদা সেক্রমগী মতুংদা তোঙানা খাইদোকই। পেলভিসনা ব্রেভর অহু ঙাকই অমস্থং

হকচাংগী অরুম্বা অহু ভাকই, মসিনা অরুবা সোকেট অহু কৈগনগী শরুগীদমক্তা ফিপ জোন্টনি।

মসিদা মরু ওইবা ওরগান য়াওই। শরু অসি তেকপা কাইবা লুই।

## The bones of the limbs.

(i) Upper limbs—কোলার বোন (শরু) or clavicles ইলাই লাইনা উনশাগী মচুংদা ওকশমগী মথোংদা অমম্নুং অতোপ্পা নাকনদা লৈ। মথোইনা থবাক্কী শরুদা মথোইগী মচুংদা পুলপ্পা লৈ। মপানগী অরোইবদা মথোইনা পুলপ্পা লেংবান্দা লৈ। অসিগুম্বা শরু অসি য়াম্না কমল ওই।

## Insensibility or unconsciousness

খুদোংথিবা য়াম্বা অমম্নুং থুনা নাবা থংদবগা লোইনৈ। জ্ঞান তাদবা থোকই; থোপ্পা মরম ওইদুনা, অতেনবা নত্রগা অশাংবা duration দা জ্ঞান তাদবা অসি থোকই মদুদি (১) Concussion (২) Complession (৩) Apophexy (৪) Epilepsy (৫) Hysteria ৬) Fainting (৭ Infantile convulsions (৮) Shock (৯) Collapse (১০) Sunstroke and Heat stroke (১১) Asphyxia or (১২) Shock from electricity and lightning

## Unconciousness – জ্ঞান তাদবা

১। অনাবা অদু লোংনা হিপ্পবা হোৎনবা।

২। ডাক্তর অফবা অমা থুনা কৌত্তনা লাইয়েংবা কৈ।

৩। অনাবা অদু তাইথেৎ তাইরবদি কোক অমসুং লেংবান অদু লেভেলদা হকচাংগা লোইননা থমগনি অমসুং মাই অসি অকবা অরুবা ঈশিংনা তকথোক্কনি, কোক অমসুং লেংবান অদু মোন মথক্তা থর থাঙ্গৎকনি, ফুরিৎ কোটনা মোন অদু থাংগৎকনি।

৪। ফি চেৎনা শেৎপা অদু থবাক্তা ওকশমদা, নেকটাই কময়মন্দ অমসুং কৈজোম অসিনচিংবা অদু কোমহনগনি।

৫। কুদাম লৌথোক্কনি অমসুং চুপীগী ফি ওইরবসু থর কোমহনগনি।

৬। (ফ্রেস এরায়) অশেংবা নুংশিৎ মরাং কাইনা চংহনগনি।

৭। মাই ফিবম চুপ্পা থমগনি, য়ানা লৈ চিক্তনদ হোৎনগনি।

৮। হকচাংগী মরু ওইবা কোক, অশোকপা মফম শরু অতেকপা অদু পরীক্ষা তৌগনি।

৯। নিংথিজনা লাইয়েংগনি।

১০। ঈ থোকপা লেপহনগনি।

১১। হকচাং অদু শানা থমগনি অমসুং কোক অদু ইংহনগনি।

১২। অনাবা মী অদু অফবা ডাক্তর লাক্তিং কাওবা থুংজাইনা লৈনবা হোৎনগনি।

১৩। করিগুম্বা পাখৎকদবা অমত্তা পিরোইদবনি, লৈহন-লোইদবনি মতুনা অনাবা অহু জ্ঞান তাহনত্রবদি।

১৪। মহাক নারবদি মকোক অহু নাকল অমদা লৈথোক্তনি অমস্তুং মরেংখান অহু থাংগৎকনি।

১৫। আরটীফিসিয়েল রেসপিরেসন তৌগনি করিগুম্বা দর-কার ওইরবদি।

(১) Shock from electricity :—ইলেকট্রিক্তা চিং-শিন্দুনা শিবা মী য়াম্না তোইনা থোকই।

রাইয়ার অহুনা exposed দা লৈবা মতমদা শোকউরবা মী অহু থুদক্তা চিংশিন্দুনা শি। মহাক্তা রাইয়ার অহুদগী নান-থোকপা ঙমদে। মফম অহু মরি লৈনবা রাইয়ারগা শম্নবদগী মৈনা পোকপগুম পোকই। মী অহু য়াম্না থুনা অনাবা ওই।

মহাক্তা থুনা লাউরবদি অতাবা মীনা রাইয়ার অহু কনেকসন মুথৎপা লোথোকপা ঙমই ; অহুবু মহাক জ্ঞান তাদে অমস্তুং সুংশাস্বর হোনবা লেপই।

লাইয়েংবা—অহানবদা তৌগদবা থবক্তি ইলেকট্রিকী মেন গুই মুথৎপা। মসি তৌত্রবদি ইলেকট্রিক্তা অতোপ্পা মীসু চিং-শিন্দুনা শিবা য়াই। কনাগুম্বা মী অমা চিংশিল্লবদি মী অহু শোকত্রিভৈদা তৌগদবদি India rubber gloves or ma-ckintosh coat or sheet মসি রাংলবদি অকংবা শামটু কি মত্রগা অকংবা উ, অকংবা চক্ত-রাইক্ত, অকংবা কি, অকংবা কোট

কিন্দা লেপউ। ইলেকত্রিকসিত্রিগী অকবা কনদক্তর (conductors) গা শন্নবা থাদোকনি। অনাবা অহু মপাঙ্গল কনংহন্নু অনাবা অহু পাকনা অমসুং শানা থমউ। দরকার ওইরবদি আরটিফিসিয়েল রেসপিরেসন তৌ।

(২) Lightning shocks—মথক্কী খুদম অমসুং লাইয়েং চপ মাগ্নে। (a) Asphyxia ঈ অসি ওকসিজেন্না মতিক চানা পিত্রবা মতমদা অনাবা অহু জ্ঞান তাদে, হৃংশিং অকবা রাংপা মরম্ননি। খুদম অমসুং লাইয়েংবা :—আরটিফিসিয়েল রেসপিরেসন উপ্পা পিগনি।

Sunstroke and heat stroke—মসি মতম কুইনা নুংশা য়াম্না শাবদা লৈবদগী থোকই (High temperature) হকচাং য়াম্না কন্না নোম্বা (engine room) দা থবকশুবা খোংনা কন্নিমত্তা য়াওদনা নুংশা অশাবদা চৎপা, নুংশাগী মৈশানা নত্রগা মৈশানা মরম ওইদুনা থোপ্তা মৈশা য়েত্থুনা থোকপনি।

খুদম :—অনাবা মী অহু মকোক ঙাওবা জ্ঞান মাংবা, তথক তথকপা, রাম্বুবা অমসুং জ্ঞান তাদবা ওইরকই। উনশা অহু শাউ অমসুং চাকই। মিহুল অসি থুনা থুনা কল্লি অমসুং কন কন চোংই। নুংশাম্বর থুনা থুনা হোল্লি মিৎনহা অসি পিকশিল্লি অহানবদা, মমৈথংদা মখোই অহু চাওথোক্লকই। মাই ঈশিং অপেংবনা চামথোকনি, ওথোকপা তোইনা থোকই।

লাইয়েংবা—অকবা ডাক্তর কৌনবা থাখো, হৃংশিং নুংশা

ময়াং কাইনা চেন্নবা হোৎনবা, ফি চেৎনা শেৎপা কোমহনবা অনাবা মী অদু অইংবা মকমদা থম্বা, উনগী ঈশিংনা মকোক, গুকশমদা থবাক্তা থোম্বিবা অমসুং নংগনদা (Spin) অইংবা ফি (Sheet) থোম্বিবা কৈ। অনাবা অদু জ্ঞান তারকই, মাঙোল্দা অইংবা ঈশিং পিথকপা থুনা কৈ।

Preventions (থিংবা)—অশাবা মতমদা টুপি উপ্পা, কোয়েং য়েৎপা টুপি কোম্না কোক্তা উপ্পা কৈ। অচোৎপা ফি নত্রগা কোলার গুকশমদা থমলোইদবনি।

Collapse :—কোলাপস তৌবা অসি য়ুনা অমসুং অতোপ্পা হুনা ইতৎতনা থোকই। থুদমঃ - মপুং কানা নত্রগা থরদা জ্ঞান তাদবা অসি থোকই। কোলাপস অসি য়ু থকপদগী থোকই মিৎ-নহা অদু য়াম্না চাওথোকই (opium) ওপিয়ম হুনা (poison) মিৎনহা অদু চপশিল্লি। মুংশাস্বয় তপঠ অমসুং লমচৎ শাজন্তা হায়রং হায়রং তৌই। মিচুপ পোল্লি, উনশা অহ্ ইংই অমসুং করিগুম্বদা য়ু নত্রগা হুগী মনম নমই।

## Treatment লাইয়েংবা

ফি চেৎনা শেৎপা অদু থাদোকপা, ফ্রেস এয়ার (অশেংবা নুংশিৎ) মরাং কাইনা চংহনবা, কোক অমসুং লেংবান য়াংনা থম্বা, অনাবা অদু মহাক্কী নাকল্দা ওন্থোকপা কৈ। ফি অশাবনা কুপ্শিনবা অমসুং ঈশিং অশাবা লিকলিদা হাপ্লগা মহাক্কী অকো-ইম্বদা থম্বা করিগুম্বদা মহাক্না হোৎপৎলগা মহি থর পিথকপা, হায়বদি

কোফি. চা, soup. or leef tea অসিনচিংবা পিথকপা কৈ।

কোলাপস অহু য়ুনা অমসুং (opium) ওপিয়ম ওইরবদি য়ুদা তৌবগুম্না লাইয়েংবা কৈ।

## Poisoning.

হু অহু করম্বা মথলনো হায়রবা অহু তশেংনা খংনবা অনাবগী মনাক্তা লৈরম্বা পাত্রদা য়াওবা পোৎ, মচিন, ফিবম, মওং মতৌ পুম্নমক চোকশিন্না য়েংবা তাই।

Strains lips তা লৈরবা অমসুং মচিন্দা লৈরবা অনাবা অহু ওথোকহনগনু, strain অহু ওথোক্লবা হোৎনবদা অচাকপা চাকখাও অহুগী রাল শেগাইবা য়াই। শিং মহি, য়ুবীথাও castor oil, white of egg. barley water, milk, or eggs beet পিথকপা কৈ।

## হু চারুবা মীগী লাইয়েংবা

১। হু লৌথোকপা, হু মথন অহুম শুই। (১) Corrosive (২) Irritants (৩) Narcotics.

২। ঈশিংনা চামথোকপা

৩। হু চমনবা হিদাক্লা চমহনবা।

৪। কোলাপস তৌরম্বা মী অহু চা অশাবা নত্রগা কোফি পিথকপা।

৫। অটিফিসিয়েল রেসপিরেসন পিবা, করিগুম্বা মুংশাখর হোনবা লেপথ্রবদি।

৬। ইমেটিক হায়বা হিদাক অছুনা হ অহু লাওথাওদগী লোথোকপা। অনাবা মী অহু অান তানা থম্বা, কোলাপস তৌবা মী অহু চা অশাবা পিথকপা নত্রগা কোফী পিথকপা, কোডি ফ্লুইড ( cody's fluid ) ঈশিংদা য়াম্নগা পিথকপা। আরটি-ফিসিয়েল রেসপিরেসন পিবা তৌফম থোকই।

৭। Strains নত্রবদি অনাবা মী অহু থৌনাওদা থুংনা ওথোক-কহনবা কৈ মসি শোইরবদি emetics শিজিন্নবা য়াই Viz table sponful of mastard in a tunblerful of tepid water পিথকউ অমসুং ফগনি। মিনিট তরাগী মতুংদা পিথকপা কৈ। অনাবা অহু তুমনিংই অমসুং তুমহনলোইদবনি। কোফি অশাবা পিথকনি।

Sbock— শোক অসি নারভস সিষ্টেম্না মরু ওইবা মকমদা হায়বদি থবাক্তা থোকই ।

Suspension of the influence : - শাজেল তৌবনি। মসি শরু তেকপা, মৈনা পোকপা, চাকপা হু চাবা, কিবা অসিন-চিংবা কন্না নাবদা শোকপদা থোকই।

খুদম— অনাবা অহু মশা ইংথৈ, অমসুং থক থক নিকই, টেমপেরেচর অহ স ম-নোরমেন ওই, য়াম্না তপ্না তুংশা শ্বম হোল্লি, মিহুল শোললি অমসুং মাই তাইফেং তাই, মিং ঙ্ক্রোং ঙ্ক্রোং ওল্লি। মিংনহা চাওথোকই।

লাইয়েংবা— অনাবগী হকচাং অহু কি অশাবনা য়োকু-শিনহুনা মশা অহু শাহনগনি মৈ ইকপা চেকনা কি য়োমহুনা মায়গী

লিকলিদা ঈশিং অশাবা হাপ্তুনা, রবর খাওদা ঈশিং অশাবা থাপ্তুনা হুকচাংগী অইংবা থোং অহু শাহনগনি। অশাবা ঈশিং নক্রগা চা কোফি পিথকনি মশা পুম্নমক শান্নবা অশাবা ঈশিংনা লিকলিদা নক্রগা রবরদা হাপ্তুনা শাহনগনি। মশা অহু কত্র-থংনবা হিদাক পিজগনি।

১। Suffocation by hanging :-

অনাবা অহুবু মথাংদা কোনশিন্দুনা ভাকপিয়ু। থৌরি কককংপিয়ু অমসুং চেকশিন্না অনাবা অহু লোথো। ভকশমদগী থৌরি অহু লেংথোকউ। অচিনবা ফি পুম্নমক কোমথোকহল্লু। লৈ মপানদা চিংথোকউ অমসুং আরটিফিসিয়েল রেসপিরেসন পাংথোকউ।

অনাবা অহু জ্ঞান তাদবদগী জ্ঞান তারকই। অমাববু জ্ঞান তাররবদা কোফি তশাবা নক্রগা চা অশাবা পিথকউ। মশা অহু হিপ্তুনা মুংভাংনা পোথাহল্লু। মশা অহু ইংলবদি শানবা তৌ।

Suffocation by poisonous gasses :—

শফোকেশন অসি মহৌশানা কোইলাগী গিয়াস, মৈভাগী মৈখু, কারবোলিক এসিড অমসুং অতোপ্পা হুগী গিয়াস, অতোপ্পা লিজিমদবা ওয়া নক্রগা মুংশিং কত্তবা পাইপ নক্রগা মৈহৌবা মাপী মৈখু উতোংদগী থোরকপা মৈখু অশিনশিংবন। থোকই।

থুদম ; অনাবা অছু জ্ঞান মাংলে, মহাক্কী ময়াই অছু মুশিন মুই। মুংশা খর শোল্লি নত্রগা লেপই।

লাইয়েংবা :— অনাবা অছু ফ্রেস এয়ারদা থমউ। মসি নিংশিংউ মছুদি অশাবা গিয়াস অছু মন্তম পুন্নমক্তা রাংনা কাগনি মুংশিং অছু লৈবাক ময়াদা লৈবা অছু অশেংবনি।

মথাগী চ্যেকশিনবা অসি তৌবা তাই। মছুদি মৈথক্তগী মুপা অমা কনবিবা তাই রুমান্না ঈশিং চোৎলগা চিন অমম্মুং নাত্তোন কুপউ।

থবোম্বী অছু অশেংবা মুংশিংনা মুংশা খর শাংনা হোৎজিনছুনা থমছুনগনি। কাদা লৈমাইদা নোম্বছুনা চংগনি। থোংজাও অমম্মুং থোংনাও হাংদোক্তুনা থমগনি। ফি পুন্নমক কোমছুনগনি মহাক ফ্রেস এয়ার অছুদা পুথোক্তনি অমম্মুং আরটিফিসিয়েল রেস-পিরেসন তৌগনি। অনাবা অছু জ্ঞান ভারক্রবদা চা অশাবা নত্রগা কোফি পিথকউ।

Suffocation due to pres‹ure on the chest from falling earth debris etc.

অনাবা অছু য়ারিবমখে থুনা থ'দোকপিয়ু, নাত্তোনদা এমোনিয়া নত্রগা smelling salts থোমউ।

আরটিফিসিয়েল রেসপিরেসন তৌ।

Choking—মসি মহৌশানা চাখোম থুনা য়োংশিনবদগী থোকই নত্রগা পৈদা নত্রগা অরানবা পোং য়োংশিনবদগী থোকই।

লাইয়েংবা—কোরেল বোডি অত্থু চিনলোমদা লৌথোক্লবা ফুংশা মওং মান্না কন্না হনদোক্কনি।

মত্থু লৌথোকপা শোয়রবদি অত্থু পুখত্তুনা ইনথোকখো, (খৌনাওরোমদা wind-pipe) মুংশিং উত্তোং কোমত্থুদা থোক-হনখো অনাবা অত্থু মনঙ্গলদা কন্না ইনথোকখো মহাক্কা ওাত্থনা লৈরিবেদা কোরেল বোডি অত্থু লৌথোকপিন্নু। করিগুম্বদা অনাবা অত্থু লোকথুবা য়াই অনাবা অত্থুদগী মত্থু লৌথোক্লবা হোৎনবদা মহাক মুংশাম্বর হোনদবা য়াই। আরটিফিসিয়েল রেসপিরেশন তৌবা তাই।

## The Circulatory System :—

সারকুলেটোরি সিষ্টেম নত্রগ' ঈগী ইচেনগী শবক পাংথোক-ইবা অসি থম্মোয় অমসুং ঈগী ভেসেলশিংনি। থম্মোয় হোলো-মসলগী ওরগান থবাক্তা লৈ। থবাক্কী শরুগী মতুংদা শরু অসিগী ওইথংবা শরুক্তা শম্লোকই। মসিনা হকচাং পুম্নমক্তা ঈ শিনবা থুংনা 'য়ল্লি: ঈ পুবা শিংলি অসি আরটারি, ভেন, কেপিলারি অসিনচিংবনি। আরটরিনা থম্মোয়দগী ঈ পুত্থনা হকচাং পুম্নমক্তা য়েল্লি। মখোই অত্থু পিক্লা পিক্লা থাইদোকই; মমৈথংদা মখোইনা য়াম্না পিকপা ঈগী ভেসেল কেপিলারি অত্থনা ঈ হকচাংদা য়েল্লি। অপিকপা ঈ হকচাংদা য়েম্মোকপা অত্থবু কেপি-লারি কৌই। কেপিলারিনা পুনশিনত্থনা অপিকপা ভেন শেমই। মখোইনা তিন্নবা অসিনা অচৌ অচৌবা ঈগী ভেসেল শেমই। মমৈথংদা ঈ হকচাংদা শিনবা থুংনা য়েনথোকপা অমুক পুখৎপা

